# ভারত-চন্দ্র

## ( লারোন অনীশুবা )

অরেংব

কাব্য-নাট্যকৃৎ

শ্রীমানকেতন সিংহ

সদস্য, মনিপুর ষ্টেট এডুকেশন ষ্টেণ্ডিং কমিটি ;
„ মনিপুর সাহিত্য পরিষদ ;
„ মনিপুর সংস্কৃত পরিষদ ;
„ মৈতৈ এংলো থোগল মরুপ ;
„ মহারাজ চূড়াচাঁদ প্রতিষ্ঠিতা বিবোধ-জননী সভা ।

নরোন-ছাপ

শ্রীথুমল্লম্বম রাসবিহারী সিংহ,
মেনেজর, ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস্,
ইম্ফাল ।



মমল রুপা—২.৫০

অকোঙবা—
শ্রীকোয়জম ইবোবী সিংহ,
ওইনামথিঙেল,
ইম্ফাল।




অহানবা কোঙবা—১৮৭৪ শকাব্দ

অনব—
শ্রীথুমল্লম্বম রাসবিহারী সিংহ,
ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস,
ইম্ফাল।

# খূদোন-তম্ব

## নুপী অনী,

ইপানা নচীন-ননাওদা লৌখিবা মায়ী নংপান মরে। ঙসি তক্কঙ্গা লৌরি। হন্নকাসীদি পৃথ্বীরাজ চৌহানগী লৈম সংযোগিতা, রাণা সমর-সিংহগী লৈম কর্ম্মদেবী, রাণা সংগ্রামসিংহগী মচা উদয়সিংহগী মপী পন্না, পৃথ্বীরাজ রাঠৌরগী লৈম কর্ম্মদেবী, গঢ়মণ্ডলগী লৈম দুর্গাবতী, অহমদ-নগরগী শাহজাদী চাঁদবীবী— মখোয় তক্কাগীনি। মখোয়না থোনাফবী নুপীশিং। মখোয়গী মতীক-মগুণনা ভারত কংলৈরোন (ইতিহাস) গী লামায় লায়রোন কয়া কয়া কয়রিবনি।

নুপীওইবী নখোয়সে অমেত্তবনা মপুং ওইনা সের্বনি। অদুনা অমেত্ত-অনোদদা নথমায় থমগনি। অকন-অয়াক অসী কয়া পামগন্দে। মেত্তজ-নোজনদগী নশাদা লৈবা থোনা কাউথোকই। কান্নথাং ওইনা মাঙহনগনি। অমরোমদনা, অকনবনা মপূ ওইনা সেম্বকপা নীপানা কয় হোবা, লিংন চৎপ উবদগী অকন-অয়াক পুন্নমক নীপাদগী শক্কক ওইনা থন্নোকনি। মদুনা তারকপনা, লৈবাকী থবক পঙ্গাউদা শক্কক য়াক্নগী যাদি থম্মদুনা নশামক্ত কঞ্জবা তমজদনী ওইনা থোক্নে। জগত পাওজদবীনি হায়না নশক তাক তাংজবা ওইনা চোংথোক্নে। মদুনা কায়থরকপনা নখোয়গী নপুন্সিদা থোকথাং থূদিং নশক্কক মাঙবদা পংলে। মসী পুন্নমক অসী পংথক্কবা অমত্তদগীনি।

থোনা, থবক পাবা পাঙ্গনগী মথিংনি। পাঙ্গন মথম অনীনি। অমনা হকচাঙ্গীনি অমগা অমনা পুক্নীঙ্গীনি। নুপীনা নোঙ্গ হোবা, নোনা চৎপনা কয় হোবা, লিংন চৎপ নীপাদগী হকচাঙী পাঙ্গল নোপকনি। মপোক্ক হকচাঙী পাঙ্গল থোং মায়না মায়বও পুক্নীঙদদি মায়না চৎপ য়াই। করিনা। পুক্নীঙী পাঙ্গন হায়বসীদি, নুপী নীপা অনীমক্কীমক

কঙবা লোনচং-সুংজতগী পোকপনি। হকচাঙী অকন-অপোয় মপুং পঙচঙ চঙ্বা নৈতে। পাঙন অনীগী মরক পুক্নীঙনা মকোক্কি। অগম থিজ্জোরিবা মিংচংকো উরোংশিং অসে পুক্নীঙবনি। হকচাঙীনা থিরবগুম অউবশিংগু পুক্নীঙ্গা অচুম কাওদনা মওইরবনি। নখোয়না মতৈ-নশিং অমুখ অমুখ ভমথরক্লগা মীয়ক অমুখ অমুখ থিজরক্লগা পৃথ্বীগী কংলৈরোন শকথঙনরকনি। হায়রিবগী অমুম অমুম থঙলকনি।

ওসি ইপানা মপাউ তম্লবা হূপীশিং অপীও হূপীনিনা অমেওবনা মপুং অচুম ওইনা মহোৎবা, মচংপঙাক্কি। কঙবা লোনচং-সুংজতগী পোক্লকপা মতুক মতুংঙী মখোনানা মপা-মপাগী মখো পাখিবদগী ভারত-কংলৈরোয় মখোয়গী দমক লাবায় কয়া কয়া কাইখোক, অয়াবা মমেক মপাউ লাচনবদগী মমায়বা হূপীজা কয়া কয়াগী মহিং মথা মুংখ থমজদত মখোয়গীদি অমুম মরৈহৌরবনি। শিবা থুডম কা, মতমগী য়াওল য়াও অমুম হিংদ্রনা মরৈরবনি।

তাশিমু, থঙজমু; নংক্রোং নংক্নোংগী মচীজাক ওইনৌ। হূপী ওইনত হূপী খোক্নত পুশি-খোঙকম খোঙকয়নবা হোৎনৌ। মিংচংকো উয়োং থিনবা হোৎনৌ। হোৎনবদা তমথদি কৈ। কত্তবদি হোৎন-কয়বদনি। কয়িনা!

হোৎনজবনা মীগী থৌদাংনি।
হোৎনজমন পীকনা লাইগীনি।

ইম্ফাল,
লাংবন নিংথৌ মঙানি চনবা
নিংথৌকাবা
১৮৭৪ শকাব্দ।
(৮ সেপ্টেম্বর ১৯৫২ ইং)

মঙল
শ্রীনীলকেতন সিংহ

## করিগী হৈ

**কীর্ত্তি যস্য স জীবতি।**

মিংচংকী উয়োং থিনবা ওব মীদি শিবা কোবা লৈতে হায়না মীয়োন-মীথাং পাউয়োনবরুবা হাকচু নোংম মৈত্রবাক কোইরয়গনোবী মৈতৈ হুপীমচাশিংদ পূনমগা কোয়না ওয়াংবনবী ভারত-কংলৈয়োম ময়েক লানা লাচনবী অথোবী হুপী থরংজী মপুং খোঙকম লৈকর্বনি।

লাংবম নিমৃং মতানি চনবা
নিংথৌকাবা
১৮৭৪ শকাব্দ।
( ৮ সেপ্তেম্বর ১৯৫২ ইং )



মীনকেতন।

# য়াওরিবা

# ভারত-চনু

## সংযোগিতা

সংযোগিতা রাঠৌর নিঙৌথৗ। কন্নৌজগী নিংথৌ জয়চন্দ্রনা পোকপনি। মহাক অসী ফজরবী নুপীনি। মহাক্কী লোঙ্গাদা মাগুম্বী তাঁঙি। তাঙবা নত্তে, সুক্লে-লৈতবনি। অদুগু কন্নৌজদদা নত্তে, তানফম অদুগী রাজপুত-জগৎ পুম্বদনি। লোঙ্গা অসীগী নিপাদনা দিল্লীগী চৌহান-নিংথৌ পৃথ্বীরাজনা ইক-ফজে। ফজরবা নত্তে. কনব-হৈকদসু ইহেন-হেল্লি। অদুনা তাঙ্গা অদুগী চারণশিংনা মখোয় অনী অসীগী মতীক-মগুণ মখোয়গী শৈরেম ওইনৈ।

নিংথৌ-নিংথৌমচানুপী অনাসী অমনা অমগী মগুণ তাক্লক্লে। মবুক-মবুক্ত বাথন তৌনরক্লে। মমৈথংগদি চারণশিংদ পাউ চংনচ্ছনা মবুক-মবুক হোথোক্লরে। সং-যোগিতা পৃথ্বীরাজবা লৈবা লেপ্লে। পৃথ্বীরাজগু সংযোগিতা

লোৱা লেপ্নে। মবুক-মবুক্ত নীংনজরবশু, মতীক-মতীক চানরবশু হেক লোন-লৈনবদি তরাই-তরাইবা থোক্লমদে।

জয়চন্দ্র থম্মোই-বাংব নিংথৌনি। কন্নৌজগী খুভমদনা পেনবা থম্মোই নত্তে। রাজপুত-জগৎ পুম্বগী মপুগী খুভম নীংবা নিপানি। মহাক্কী অবাংব থম্মোইগী লম্বীদা লান-ঙমদবা পন অমা ওইবনা মহাক্ক পৃথ্বীরাজবু মমিৎ য়াম্না নাই। মদু উবনা পৃথ্বীরাজনস্তু সংযোগিতাগী মরমদা মঙোন্দ বাহৌবা ওম্মমদে।

অসুম্ব নিংথৌ-নিংথৌমচানুপী অনীনা নীংন-নীংননা কিভম য়াক্লচুনা লৈরিঙৈসীদা নিংথৌ জয়চন্দ্র রাজসূয় যজ্ঞ তৌরক্লে। ভারতকী নিংথৌ অরাপ-অনক পুম্নমক বার্ত্তোন তৌরে। পৃথ্বীরাজ অমদি মহাক্কী খুং নত্তনা অত্তে পুম্ন-মক্তি যজ্ঞদা লাক্লে। রাঠৌর-নিংথৌনা চৌহান-নিংথৌবু অওম্ব শরুনবা লৌশিং অমা তৌরক্লে। খুংহৈবশিংবু মহাক্কী (পৃথ্বীরাজগী) মশক্নক মানবা মূর্ত্তি অমা তনা-সাহন্দুনা যজ্ঞ-মণ্ডপকী থোঙদা থোঁঙাকপা ওইনা থিন্নে। তিম্নরিবা নিংথৌ পুম্নমক্কী কুম্মৈ ওইনরে।

যজ্ঞ অসী লোইবদা জয়চন্দ্র মচানুপীবু মথবায়না তাবা মপুরোইবা খঙনবা পুথোক্লে। সংযোগিতা রাজপুত-নিং-ঙোম্নি। মকুক, মচীন, মখুৎ চপমান্নবী নুপীনি। অিম্নিনা নিংথৌ অমত্ত হন্না য়েংভমদনা থোঙদা প্রপ প্রপ চংথিনুনা পৃথ্বীরাজগী মূর্ত্তিদা লৈ হুক্লুরে। জয়চন্দ্র শাউবনা লৈ

খোকথিচুনা মচাবু মশাম লাক্তুনা চিংশিনথরে। লৈম-কোনগী নিংথেম্না বী মরক্ত থমথরে। ইকাইবগা নুংঙাইতবগা মবুক্কীং নুংশিনা লৈরে।

অসোমদা কন্নৌজদা খোক্লরিবা পুন্নমক পৃথ্বিরাজগী নাকোং য়োরে। চৌহান-নিংথৌ মহাক্কী দমক্ত নুপীমচা অমনা বারিবত্থ তাবদা পাম্ববা ওমজ্রে। তাবগা ফং দিল্লীদগী জেঙ্গোল পুডুনা লাক্লে। মফম অচা-অচাবদা লানবন সা-সাড়ুনা থনম্মগা অথন্নবা অকন-অথৌ থরা পুডুনা মশা কন্নৌজ য়োরক্লে। জয়চন্দ্রগী কোনুং নমথেক্তুনা চঁঙক্লে। লৈম-কোন্দগী সংযোগিতা শগোন্দ হাপ্তুনা পুথরে। দিল্লী-কন্নৌজ অনীগী রাজপুত-ফুঙ্গা অনী মঙানি চুপ্প লান য়াম্লরে। চৌহান ওন্মে; রাঠোর মমায় খুরে। সংযোগিতা দিল্লী য়োরে। হৌনবী মতুং ইন্ন লুহোং-খোঙদোংচুনা চৌহান-নিংথৌগী লৈম হাপ্লে।

সংযোগিতা-পৃথ্বিরাজ মবুক-মবুক থুংনজরবদা মতম থরা নুংঙাইনা পাঞ্জরে। অদুবু কুইনা নুংঙাইজৌ হায়রবদি মরাইকক্ত তম্মমদে। জয়চন্দ্র নুংঙাইথিদবদগী গোরগী নিংথৌ মুহম্মদ লান হৌক্লরে। নিংথৌ অনী অহানবা লান লাক-পদা পৃথ্বিরাজগী মথুক্ত থীনা থুথীমনখিবদগী অমুক্তং হায়চুনা শীংচুনা লৈরিবনি। রাঠোর-নিংথৌগুম্ব অকনবা মীচং কঁউ-কুবদি লান অমাক লাক্লে। কনৌর তুরেন মপান্দ কন্নৌজগী নিংথৌনা থারকপা জেঙ্গোনগা পুন্দুনা লানবন সারে।

মুহম্মদ গোরীনা অমুক লান লাক্লে তাবদা পৃথ্বীরাজগী মথাপোনবা নোংচুপ্লোমগী নিংথৌগী মথৈ দিল্লীদা পৈল্লরে। নোংপোক্লোমগীদি জয়চন্দ্রনা কৈগাক থংখিবনা য়োরকপা ওন্নরে। অদুমকপু নুংশিনরবা মরূপ চিতৌড়গী রাণা সমরসিংহনা মহাক্কী কন্নবা শিশোদিয়া অঙোন পুদুনা মতম চানা লানবাংব থুঁওবদগী মীদা থোইদোকপা বাবা তৌনরে। লানগী লাংবা লোইরে। চৌহান-শিশোদিয়া অনীনা লাম্নাং থংব তারে।

লান চংলমদাইনি। পৃথ্বীরাজ লানগী ফীরোয় হোংবা লৈমকোন্দ চঙক্লে। শাগোম্নবা শাপোং-লানপোং পুম্নমক শেচ্চিন-খোচ্চিনবা লোইরক্লে। থাংলোনগা থাংলেনগদা ওাইশিন্নক্লে। থাংলোন য়েম্মফাওবা লৈম সংযোগিতা বা ওাঁওমদে। থাংলেন থাংলী কিরকপা মতমদদি মপুরোই-বদা য়েঁওক্লে। ঈংন, মেওনা অথুকপ-অবাবগী মনম অমত্ত চঙদনা "থবায়গী মপু লানফমগী থাংলক-তারক্ত ঐ চৌ-হানগী মপুনি হায়বা কাউবিগনুসি। লানগী দমক পোকপা রাজপুতনি। ওম্নগা য়েক্নবা শোইবা, ওমন্ত্রগা মথুত্ত তুবা রাজপুতকী ধর্মনি। লানওম মপুরোইববু হরাউনা চেন্-থোক্তুনা ওকপা, লান্দ তুরব্দনা চেলিন্দুনা কোনথংপ, কৈরাথক্ত কোয় কোয় মৈচুংদা লোইবনা রাজপুত-নিংতৌনগী ধর্মনি। ইহাক-ইহাকথংদগী চৌহান-নিপা, চৌহান-নৌ চিংথবা য়াদে।" নিংথৌবু কিনায় তৌরক্লে

লৈম সংযোগিতা। "চৌহান-মোগী ময়াথং চৌহান-নিপানা শোয়দনা ঙাক্কনি। রাজপুত-নিঁঙোনগী মপুক্কীং রাজপুত-নিপানা শোয়দনা থুংহনগনি বাক্কগনু থবাইগী মকেম।" মোমোন নোক্ক বিদায় তৌরম খোকথে তেঙ্গোম ঙাইরিবা মফমদা নিংথৌ।

কন্‌গর-তোর্ব্বান য়োরে। হিন্দু-মুশলমান তেঙ্গোন অনী মায়োক্করে। হিন্দুনা হজ্জহৌরো, মুশলমান্ন চঙজহৌরো হায়বা লান হৌরমদাইগী বাঙাং কয়া ঙাংনরে। য়ানসি হায়নবা বাঙাং অমত্ত য়াওনদনা য়ানদরে। লান য়াম্নবদা তারে। হিন্দুনা লান হৌরে।

অকিবা লানফম্বি। লান্দ হরাউবা রাজপুত, লান্দ নুঁ-ঙাইবা আফগান অনীনা মায়োক্কথবদা করি ওইবা হৌনে। শিবা নীংসংনদে, মমাঙদা লেপ্প লাম্বাদা মউনৈ। কক্কগা কক্কে, ককথগা ককখে। দৃষদ্বতী ঈগী তুরেল ওইরে। তিরোরী মীশা মীকোক্ক লৈনাং তানা লৈখোম খোক্কে। নোং ফুং ঙানবদগী য়াম্নরকপনি। লাম্মাংন তুবগা লাম্নীংন হেক্ত মশিন্নবনি। অসুম য়াম্নরকপনা নুমিৎ ময়ুম চথরে; মমশিন্নক্কে; মীশক থঙনরক্তরে। লান মশানা লেপ্প তারবনা লেপ্পরে। তেঙ্গোন অনীমক মশা মশাগী লালং হজিন্নরে। মতুংগী নুমিত্ত তৌপদবা মওং লেপ্পরগা ওহাক ওহাক পোথানরে।

লান নীনিক্তনবনি। নোং ডাম্মন-ডানকাপ্রিতৈনা মুশল-

মান লাক্‌ংলক্লে। হিন্দুশু লান ওক্লে। মমাঙ্গী নুমিৎশু নীনি-চনবা নুমিৎসীশু হিন্দুনা লান অসী লাকচরপ লাক-চরপ চৎলি। অদুদা হিন্দুগী মরায় চায়রো হায়বদুনা অকায়বা অমা লাক্লে। হিন্দুগী অেঙ্গোন্দ শামু য়াওই। বিতত্তাগী লানকমদা যবন-নিংথৌ শিকন্দরগী মথুত্ত পুরুনা মায়থীখিবা মতা অদো হন্দক দৃষবতীগীদশু থোক্লরে। মুহম্মদকী অেঙ্গোয় বমুলা কায়কপদা শামু থক্লে। মনীং হন্দুনা থোং-লাউনা চেক্লে। মাহুতশিংন লাকপা ওমত্রে। লান্নীংশু মনীংদ লান ওাইদুনা লৈবা অেঙ্গোন্‌ কায়রকপা শামুনা তকথায়রক্লে; নেত্তুনা কয়া, কোত্তুনা কয়া, হাইহত্তুনা কয়া কৃজিন্দুনা কয়া হাংলে। হিন্দু হায়-হায় লাউনরে। তাঞ্জা অসীদা মুশলমানগী শগোল লাম্মী তক্সিরক্তুনা পৃথ্বী-রাজগী শামু কোয়থরে। চোহান-শিশোদিয়া অেঙ্গোয় মথবায় মথুবাক্ত হাত্তুনা কয়নবা হোৎনবদা মথবায় মাঙবদ মথংলে। নিংথৌ কাথরে। নিংথৌ কাথিবগী চোহান-শিশোদিয়া অনীমক লান অমুক হেন্র কণিত্রে।

লান কায়থিশনি কিবনা কাথিবগী পাউডি অঙবশিংন থুপচিন্রে। লৈমবদি য়োথরে। পাউ হেক কংবদা সংযোগিতা লানগী কীরোয় অহোং-হোং শগোন শয়াং থত্ত কুলো-রক্লে। অদুব মহাক লানথম য়োরকপ মতমদি পৃথ্বীরাজদুনা কাদুনা হাংথিবা মরুপ কয়নবগী দমক্ত সমরসিংহনা শিশো-দিয়া অেঙ্গোনদা তুথিবগী পাউ হায়র তানরমে। অেঙ্গোন

পুমকায় কায়রম্মে। গতি লৈত্রবী সংযোগিতা মহাক্কী মতুং ইনবা মী য়েংঙজনা "বাক্লরম্নু, রাজপুতকী মতম লোইরো অমকনা অকিবা শকখঙনজবা রাজপুত কায়রম্মে। ঐগীদি ইপু-রোইবগী থৌগল থীনখিবা তারবনিনা চংলগে ; বাক্লৌগম্নু।" হায়রম্লগা শীং অলেম সেম্মান্দ্ না মৈনুংদ চঙলে। উংপুং ওইনা তারে উনা উনা লৈম সংযোগিতা। শক্করে মগুণ হাক্লগী হেম্নে মধুযন্ত্রদা রাজপুত-চারণ।

মধুযন্ত্র কয়া তুমখরে ; চারণ মীরোন কয়া লোইখরে ; লৈহোরে, অঙ্গুর, নীংথিবা মপাউ

লৈম সংযোগিতাগী।



# কৰ্ম্মদেবী

সমরসিংহ মেবারগী রাণানি। পৃথ্বীরাজ চৌহানগী মরুপ্পি। মোবানী কনৌগরগী অনাসুবা লানফমদা তুমিন্নবনি। রাণাসীনা লানফমসী চংলমদাইদা লৈম কৰ্ম্মদেবীদা থুভম শিন্নরম্মি। "কৰ্ম্মা! লান হায়বসীদি শিব-চঙবা খঙবা নত্তে। ঐনা করিগুম্ব শোয়বা থোক্লবা, মহাক ঐহাক্কী তুং ইল্লকনু। ইচা করণসিংহনা পীক্লিবনিনা মহাক কোন্দুনা লৈম্ম। মহাক্ল শেন্নবা ঙমজন্ত্রিঙেদা বপ্পাগী সিংহাসন ঈরান অমনা মাঙ-থোকখিদনবা হোংনৌ। মহাক শিশোদিয়া মোনি; বপ্পাগী থুভম শেনবা সমরসিংহগী লৈমনি; থোইদোকপনা রাজ-পুত-চনুনি। অতে অমুক হায়রুনীঙাই লৈতে।" হায়না কম শিন্রে। "মপুরোইবগী ময়াথং ঙাকপদনা রাজপুত-চনুগী ধৰ্ম্মনি। কৰ্ম্মাগী থবায়গা হকচাঙনা থাইনন্ত্রিঙৈ কনাগুম্ব অমত্তনা বপ্পাগী সিংহাসন শোকপা ঙম্মোই। চিতৌড়েশ্বরী লৈরি। সনাপুক্লাং করিমতা লাঙবিরুগনু।" মপুরোইবগী ময়াথং মকোক থোংন ওকচে লৈমগু। বিদায় অমুম তৌনম্নুনা পৃথ্বীরাজগী লান পাংব চংপনি রাণা সমরসিংহ। অদুনা মহাক লান্দ তুরব্বা কৰ্ম্মদেবী মতুং ইন্রে। বপ্পাগী থুভম শেন্নত্তনা লৈবাক পুক্নুনা লৈরে।

কৰ্ম্মদেবী রাজপুত-চনুনি। মপুরোইববু লাইদোনা

নীংজবী নুপীনি। লান চৎলমদাইদা মপুরোইবনা শিন্নরম থাহৈশিং অদু কাউবা লৈতে। অদুদা নীংসং-নীংসংতুনা কদাইদা করি শোয়থিগদগে হায়না কিনা চৎলি। অহিং-নুংথিন অনীদা লৈবাক্কী বাথন্দ থল্লি ; লৈবাক্কী থবক্ত তৌই। অদুনা রাণা লৈতবগী অবাবা লৈবাক্ক করিমত্ত থগুনদে, ঙৈংন অতুম মপাল্লি। অতুদা মপান্দগী অবাবা অমা চঁঙক্রে। সমর-সিংহনা তুরুরিবা লানফম অসিদগী ভারত্ত মুশলমান পানবা হোবনি। পৃথ্বীরাজ হেক লৈতবগা দিল্লীগা অজমীঢ়গা লৈবাক অনীমক আফগান মথুত্ত অতুম তারবনি। মুহম্মদ গোরীগী মনাই কুতবুদ্দীন ঐবক্ক লৈবাক অনী অসিগী সুবাদারনি। মহাক অসী লান য়াম্ন হৈবা, লৈবাক য়াম্ন পাম্ন মীতানি। মুশলমানগী থুভম চেৎননবা য়াম্ন য়েঁঙি ; চাউননবগু য়াম্ন হোৎনৈ। ' মতম অদুগী থরা মহু কনবা লৈবাম্নখৈ লান তাই। চিতৌড় মহু পানবা লৈবাক্কিনা য়াম্ন য়েথেক্কী ঙি ; মথুং য়াম্ন চন্নীঁঙি। অদুনা অচৌবা তেঙ্গোন অমা পুতুনা মেবার লান্দারক্রে।

তাঞ্জা অসাঁদি কনুগরগী লানফম নক্লিবনা মেবার মী থরা নঁঙি। অদুনা লৈম কর্ম্মদেবী য়ারবদি লান লৈথোক্কবা য়েঁঙক্রে। "ভাই সাহব! নংন নিপানি, ঐহাক্ক নুপীনি। নুপীনা পুবা লৈবাক্ত নিপানা লান তারকপা চুম্বরা! জগৎন করি হায়নগনি হায়বা অযুক্ত থহসি। তুংদনা করি অযুক হায়নহোগনি হায়বত্তুগু নীংসংসি। ঐগী লৈবাক লৌবলা

ঐগী ইবা তাবগা অনীদা ঐগী বা লোকনা নঙ্গী মিংচৎ কজবা হেনগনি। পাঙ্গম্ন সেম্ন খুভমদি নীনিগীদনি ; ধর্ম্মনা সেম্ন খুভমদি নুমিৎ-থানা মুগ্রিমথৈগীনি হায়বা নঙ্গী কুরাম্ন শোয়দনা তাক্লমগনি। নংন ওসি ঐগী লৈবাক্সী থাদোক্লম্মবদা নোংম নুপীমক ওইরবশু ঐনা নতেং পাঁওগনি। ঐমক্ক কাওথোক্লবশু ঈশ্বরনা শুম্মোয়মক শোয়দনা পাঙ্গনি। অঙ্কবা থবক্সী তৌজমন মহাক্ক কনাগীশু মাওংনবা লৈতে।" হায়না পত্র অমা থারে কুতবুদ্দীন্দ লৈম কর্ম্মদেবী। কুতবুদ্দীন হৌজিক-হৌজিক্কীদ য়েংব মীতানি। লাইরিক অদু ফংবদা কিরে হায়না নীংথৌনা মথোইচুম কারে। "রাণি! করিগী যাক্লরি ? নংন ঐগী কৌমশিংদ হেক চঙবদা নঙ্গী অবাবা অমত্ত লৈররোইদৌবনি। নপুশি চুপ্প নথোঙ লৈপাক তাকনা পাঙ্গরগদবনি। নঙ্গী নশক্তি থওগ্রি ; অদুবু নবা তাবদা য়াম্ন নুংশিরুরে। ঐগী লাজংদ লাক্লীংব মতমদা ননীং তম্ন লাকচবা য়াগনি।" হায়না পাউ হন্নক্লে।

কর্ম্মদেবী রাজপুত-চনুনি। অধর্ম্মগী বা মনানা তাবা য়াবা পোং নত্তে। শাউবনা মৈ থোক্লে। লৈবাক্ত লানবাউ অঞ্জেন চেম্বোক্লে। মশাশু লানগী থৌরাং অন্দৌ তৌরে। শগোন শয়াং থক্ত শিশোদিয়া তেঙ্গোন লাক্লিংচুনা ফুদোরক্লে। মহাক্কী লাগ্লাউ তাবদা মুশলমান তেঙ্গোন মতু চুংববা ওমথিবে। বম্ন লাগ্লম থগ্রবাদ শোয়ররনি কিবনা কমগী নোং হৈথরে। গুরুম্ম গুরুম্ম গুম গুরুম্ম গুরুম্ম গুম হায়বা কমগী

মখোয় অরাকপা চাংমায় নীখাইগদোংগুম নিনখরে। রাজপুত তেঙ্গোন মৈনা থৎখিবনা থৌজিনবা বারপ থোক্লে। মগুং অদু উবদা কর্ম্মা লান শিরগত্রা থল্লুরে। মপুরোইবগী ময়াথং অপ্রাং নীংসংলে। "জৈ চিতৌড়েশ্বরী" হায়না লাউরম কুত-বুদ্দীনগী শামু শমাং তম্ম মৈরক্ত ফুজিনখরে। চুল্লী শাকন মকোক্ত থা, থোঙনেং অনীদা লেপ, মকেনা শা থৌনা থৌনা তেন তেঙ্গিন-তেঙ্মৈ লোয় কাপশিন্নক্লে। তেন মঙা তরানা শামুগী মরায়বক্ত তেঙ্গিন থুম্ম থুম্ম য়ুঁঙুরে। অনী-অহুম কুতবুদ্দীনগী মশাদা ফুরিং ফীরোন ফাওনা ফাওনা পান্নুরে। লৈমগী তেনগী চৈনাথোন মমিং উইশিন, মঙক থুপ্প থাঙ-লম্বদগী ঙমত্রড়্না শামু মনীং হল্লক্লে। কুতবুদ্দীনগু তেনগী হুনা ঙহাক জ্ঞান মাঙলে। তাঙ্গা অদৌদা মথৌ শঙলবা শিশোদিয়া তেঙ্গোন ফুজিন্নক্লে। মুশলমানগী বম তংখরে : কায়ড়্না মনীং হন্দুনা চেয়ে। লুনা হঙ্গহৌ হায়রিঙৈদা রাহৌত্রবা কুতবুদ্দীন রাজপুত-চনুনা হুই-য়েন তানবগুম তানবিড়্না চেয়ে। কন্তে লৈম কর্ম্মদেবী ধর্ম্মগী থৌনানা মপুরোইকনা শিন্নরম্ব কল্পাগী থুভম।

মীরোন কয়া লাক্লম্মে, মীরোন কয়া হনখরে। মমিং-মথা লোইনা যুৎনখরে। যুৎপ কৌবা লৈত্রে মিংকম্ম

লৈম কর্ম্মদেবীগীদি।

---

# পান্না

রাণা বিক্রমজিৎ রাণা সাঁগাসিংহনা পোকপনি। মহাক্কী মতমদা গুজরাতকী নিংথৌ বহাদুরসাহনা চিতৌড় লান তারকই। লানকম অসাদা রাজপুত লৌসিংকুহ্‌ নিথোই তুই। নুপী লৌসিং তরাহুমদোইনা জুহারব্রত তৌই। রাণা সাঁগাসিংহগী লৈম উদয়সিংহ-পোকপী কর্ণবতীনা মকোক্কি। লৈম লৈত্রবদা উদয় মহাক্কা মপী পান্নানা মমা শক্তুনা-কোক্নি। পান্না হায়রিবাসী খীচী রাজপুত-চনুনি। নীংথেম্বী ওইরবশু য়াম্ন থওনা চংপী নুপীনি।

বিক্রমজিৎ মথৌনাদি ফবা নিংথৌনি। অদুদা হেদোহেলোং থরা থাঁডি, থরা নুঁঙাইথোকপা পাম্মি। অদুনা লৈবাক পুম্বা শরদং নোম্লপ চংলি। অদু উবদা রাণা সাঁগাগী হাক্তগী লৈরক্লবা লৈবাক্কী অওম অহন ওইরবা করমসিংহনা বারক-বাক্তেমগী মওংদ নোংম রাণাদা বাহে অমনী হায়রুই। রাণানা করিগু নত্তবদা য়াম্না তনা তনানা হেক থুম্লক্রে। অচুম্বগী বাহে অমনী তাথনবদি রাণা শংশাউ হেক শাউদোকখরে। ফিংলপ চংপ মীওং ওইবনা অহল অদুবু চৈ কোক থাক্লরে। মদুগুম্ব শাজত্তি রাজপুতকী ঢৈনা থাওবা ওম্নবনা অওম পুক্নমক চপ মান্নখরে। বিক্রমবু কৈথেলদা থারে। রাণা সাঁগাগী ময়াম পৃথ্বীরাজনা

নিংথেম্ব বীদা লান্নদুনা পোকলম্ব বনবীরবু রাণা থিজোক্লে। মতম থরগী দমক্তনি। উদয়সিংহনা মীরোন থরবং হেক তাব্দা ফমগুমগদবনি। থোক্লিবসীমক্তি উদয়সিংহনা চহী তরুক্কাদি মচগুলক্লবা অদুবাইদনি।

নিংথেম্ব বী বনবীর মমা হৌজিক্তি নিংথৌ-পোকপীনি। লৈম-নিংথৌগী পোইরৈদা রেংদুনা থুদোন লৈতারক্ত বী নিংথেম্ব বী ওসিদি মেবারগী নুপী-মকোক্লি। মীগী থৌগল তৌবদা থংলক্লবী মীনাইনুপী ওসিদি নাইগা শেনগগী মথক্ত পাল্লবীনি। টাইবংদদি থল্লদুনা মমগুমক্তন্দ মঁওমত্রবা থুভম কারবীনি। মহাক্কী নুঁঙাইজবা লোইরবনি। অদুবু নোংমতা মনুঁঙাইরুই। নীনি স্তবদদি নুঁঙাইব য়াদরে, বাবদা মথংলে। মচানা ফমগুম্ব নুমিত্ত লোইরবনিকো থল্লবদগী চাক চঙত্রে, ঈশিং য়াত্রে। অদুনা অনাবা লোয়রে। মমৈথংদদি করি করম তৌরগা থুভম লেঙদবা য়াগদগে থক্লে। বিক্রম-জিৎক উদয়সিংহগা লৈত্রবদি মচাগী থুভম কায়ররোই থল্লুরে। থল্লুবদগীদি মচাদা অনীবু লোইথোক্লবা অহিং-মুংথিন নাইদনা তক্লবা হৌরক্লে।

বনবীর মবুক পঙকং-ফত্তবা মী নত্তে। বিক্রমজিৎপুত্ত মনীংজবনি; উদয়সিংহবুত্ত মনুংশিজবনি। অদুবু মমানদি অহিং-মুংথিন নাইদনা মঙংশিল্লক্লবনিনা মবুক ওক্লে। ময়াম-মনাও অনীবু মুংশিরক্তরে। মৌবানীবু মহাক্কী রেক্লব-জিবংনি হাক্লনা উরক্লে। অমরোমবনা, নোংম নোংমদী

ঐশ্বর্য্যগী ময়াইদা মমিং অসুম অসুম মমশিল্লক্কে। অদুনা
ময়াম্বগা মনাওগা অনীমকপু লোইশিন্নগে লেপ্লে। মমাগী
থোইনশিন্দগী মথুংমক্ক লোইশিনবা তারে। নোংম অশুন-
কনদি তুম্ন-হিপ্নরবা, অথেংকনদি চান-থক্করিবা তাঙ্গা অদু-
বাইদা বিক্রমজিংপু কৈশুমশংদ লোইথোকউরে।
বিক্রমজিং লোইশিনখিবগা লোইশিনখিবগী পাউগা
পাউনা হান্না ক্দোরক্কে। কোন্নুঙ্গী নুপী-অঙাং বা-বা কপ্প-
রক্কে। তাঙ্গা অসীদা পল্লা উদয়গা মচা চন্দনগা শুম্ব লাক্করি।
অনীমক তুমশু তুম্লে। কোন্নুং মনুংদ থঙহোদনা য়াম্ন কপ্প-
লাউনরকপা তাবদা মবুক্কীং তথুক-তথুক্কে। পাউ লোগ-
দবগী মপান অঙ্গোক-থোক্লকপদ। ইমুং-মনুং-কোইবা বারী
চেনজক্না বিক্রমজিং হাংথবগী পাউ পীররে। পাউ হেক
কংবদা অত্তে থল্লুবা নংদে, উদয় থিরকপা তারে হায়বা
বাখন অমা পোকখি। বাখন অদু পোকপগা লোয়ননা
বারীবু ইমুংদ মথুং লাক্না চিংশল্লে। থুম্মোক অচোবা
অমদা তুম্মিন্ন উদয় তাপ হাপচিন্নগা "বেরিস তোর্ব্বান্দ ঐবু..."
হায়না হায়না বারীগী মকোক্ত থোঙ্গংলে। থোনগং-থোন-
গংন "থুনা" হায়দুনা তান্নক্কে। বারীশু ভাব থংদা তারে।
থুম্মোক অত্ত পুদুনা প্রপ প্রপ কিজনা বাংম তানথরে।
উদয় থৈশ্নু বদা পল্লাগী শোক্নুল হাইকেং লাক্কে। "থৈন্নি-
কনীদি উদয় মহি ওনি হায়বদি য়াম্নি।" থক্কক্কে। করম
তৌরবদি লোয়ননা হিংব য়াদনি থংহরেকপদা মহুং পীরবদি

য়াগনি হায়বা উরকই। উরকপগা তূম্লিব মচাগী মনাক্ত চঙক্লে। নীঁঙাইদনা তূম্নবা চহী তরুক্কী মচাগী মমায় মুম্ন রেঁঙপা মমিং মিংলুদা পি চক্লুম চক্লুম শিঙ্করকই। পি চক্লুম চক্লুমগী তাল্লক তাল্লক্ত হিক-হিক, হিক-হিক হিক্লকই। "ইমানা চারকপা চেং, নংন থক্লিব থোম রাণা সাঁগা, লৈম কর্ণবতীগীনি। ঙসি চাম্মন শিংব নুমিংনি।" হায়না মুরুম মুরুম সোম্ল সোম্ল তনিক তনিকপা মথুংন চন্দন পমথং-লক্লে; মচাগী মচীন চুরুপ চুরুপ চুপ্ল চুপ্ল উদয়গী ফম্মুংদ থাঙত্তু না হিপহল্লে। থুদক অদূমক্তম্ন বনবীরগী শউম তারে। পন্না থাই লাউ মিহুল লোইনা চেনখংখরে। বনবীর ঈ তৈব মথুংন ঈ চুবা থাং থুদুম চেংন পায় "উদয় কদায়" ঙং-লক্লে। মিপাইরবী পন্না মচাদা থুদোনবী থিজিল্লে। বনবীর চহী তরুক্কী অঙাঙ্গী থোংলবা, মেঙলবা মথবাক্ত অথীরবা মথুংন থাং থিল্লক্লে। চন্দন তুম্ন তুম্ন থাঙ্গী চৈনাথোন ফংবদা "ইমা" খংপ্রেক লাউরম্মগা মথবায় থাখরে। মচাগী ইমা হায়বা থোনফম্ন পন্নাগী মথম্মোইগী মথম্মোই লেং কায়থে। অদূবু খখিগনি কিবনা বনবীরনা থোকখিবকাও কায়রবা মথম্মোই কা, মন্না ক্রক চাঁক, লৈমায়দ মুং, লেপ্তু না লৈরে। হিংচাবা বনবীর থোকখ্রকত্ত খম্মোইগী অবাবা মৈচাক খম্মোইদা অক্লুম মফুম্মে; মচাগী ঈনা পাক্তেনরবা অশিবা মশা মথাদা কোন বেরিস তোর্ব্বান তমথরে।

বেরিস তোর্ব্বান য়োরে। মচাবু পোংলোইনবা মতম

লৈখিব্ববনা ঊশিংদ শিল্পরে। "চৎলো ইমাইবুঙো চন্দন! তিনখরো বেরিসকী ঊচেন্দ। ইমানা নহাকপু পোৎলোইবা তাঙ্গরবদি ইমানা পুরিবা মৈচাক, নহাক্ন কৎলিবা নথবায় অরেম্ব তাখিবা তারে। বারোন্নু ইমানা পোৎলোইদে।" মচাগী মশা ইথোক ইথোক্ন কপ্লক্লে পন্না।

চন্দনগী মশা তাউথরক্লে। পন্না মমিত্ত মপি শিম্ব-শিম্বনা য়েংডি। অসুম অসুম তাউথরক্লে। অচুম মরেংডি। উদয় থুম্মোক মনুংদ মিকপ থোক্লক্লে, পন্না খিরক্লে "ইমা"। পন্না ঊশিংদগী কাথৎলক্লে। উদয় পমথৎলে 'ইমা লৈ'। বারীনা হি খিরুচুনা তুরেল লাক্লে। অহিঙ্গী মতম লৈরিঙৈদা মেথারগী লমথৈ লানবা ওম্বমথৈ লাম্বোকহোনবা চৎলক্লে। নোংঙাম্লক্লবদা নাথুপ্পুনা থাঙলে। অসুম অহিং অহিং চৎ, নুংথিন নুংথিন লোং দেবল য়োরে। চঙজকম কৎদ্রে। অযুক ডুঙ্গরপুর চৎলে। অচুদগু লৈকম কৎদ্রে। মমৈথংদ কমলমীরদা চঙজকম কঙে। উদয়সিংহবু কমলমীরগী নিংথৌ আশাশাহগী মথুত্তা শিল্পরে।

পন্না মচাগী মথবায়না মবুঙোগী মচা মথবায় কক্লে। উদয়সিংহনা কোঙদোক্লক্লবদা মহাকী মগুণ রাজপুত পন্নপাক্ন থাগনরে। চায়ম্ব মহাকী শৈরেম ওইনরে। নীংথিজনন-বা মুথত্তরে মতমগু মিংকম

মপুনীংবী পন্নাগী।

# কর্ম্মদেবী

অকবর শাহগী কোনুংদ থাগী মেলা তৌই। মাপম্মি-পানবা-পানবদনি। অদুনা নোরোজ হায়না থঙনৈ। হয়াউ-ভয়াম্নবগী নুমিৎনি হায়দুনা খুশরোজ হায়নশু মথঙনৈ। মেলাসী লৈবাক্কীদি নত্তে, মশক্লাইব থরদগীনি। অঙম-অথৌ-শিঙ্গী মতু-মচাশিংদনা কম্মি; বাদশাহদনা মপুং ওইনা য়েঁঙি। নিপা অতৈদি পঙচঙস্যু চঙনদে। মুকচঙবু চঙনদে হায়রবশু ময়াই। নিংথৌরেম্ন পামজবশু অতে চঙদবদুমক্তি। মশাগী নুঁঙাইবা ঈরাং অমদগী লিংজবনি অমদি লাওজবনি।

পৃথ্বীরাজ রাঠৌর বিকানীর-নিংথৌগী মনাওনি। ময়াম্ব-গী মহুৎ অকবরগী সভা য়াওই। রাজস্থানগী অকাওবা পৃথ্বীরাজ অহুমগী মনুংদ কবি পৃথ্বীরাজ হায়নবদো মহাক্কীনি। খৈরোয়না হুইক্রগী তল চেনখিবদা মচাশিংন কপ্পবা উরু-বগী নুঁঙাইখিদবনা অকবরগী মপা পোম্নগে নীঁঙ্রবা রাণা প্রতাপ কনখিবা মহাক্কীনি। মহাক্কী শৈরেং অমতনা মথৌ শঙদুনা রাণানা বাংল-বাংব শিদবা থুভম কাখিবনি। মহাক্কী লৈমগী মমিং কর্ম্মদেবী কৌই। শিশোদিয়া-নিঙোম্মি। শনখিবা রাণাগী মনাও, মরিন-থাকদা কাওরবা শক্তসিংহগী মচানি। মপা-মপুগী মমায় লেংন চংপী মুপীনি। মগুণ মাগনি কিজবনা মকম অমদি মতম চাদনা হয়াউ-হূমৈ

পঙয়াও-য়াওগন্দে। অদুনা লৈম অসী নৌরোজ মেলা থক কাদে।

মেলাদা অঙম্ব কনা-কনাগী মতু-মচা কায়. কনা-কনা-গীনা কাদে হায়বসী কল্প থি। কর্ম্মদেবীদি থক কাদে হায়বা থঙনরক্লে। অদুমকপু নোংম নল্পবশু নোংম মকারকনি হায়ল্লনা অক্লম মথল্লে। অসুম অসুম মকাশিল্লক্ত বদূদদি বা ওইনরক্লে। পৃথ্বীরাজ করিশু নত্তবদা অকায়বা অমা ওইররনি হায়বা উরে। লৈমবু অমুক্তংদি কারুনবা হায়রে। মপুরোই-বনা থৌওইনা হায়রবদূদদি লৈমশু নোংমদি কাগে নীংলে। মতুঙ্গী লাকপা নৌরোজদূমক্তদা অক্লম মকারে।

কর্ম্মদেবী নহানি। নহা ওইবদা নত্তে, মশক্স় য়েনা ফজে। নহা ওইবা হকচাংদ ফজবগী মঙান তাবা হায়বসীদি মীগী মিংয়েংনফম্বি। অদুগী মথক্ত মহাক্নদি অমুক্তসু মপান থোক্তবনিনা অয়াম্বনসু পঁঙ্ উনদে। অদুনা মীপুম খুদিংন মঙোন্দ মমিং থম্লরকই। কনানা ফজেদা হায়; কনামনা নীংথিদা সোম্নি; অমুক অত্তে কনানা লূইদা থাগংলি। অসুম ঙাংনরকপসী অকবরশাহসী মনাকোং য়োরে। ময়াম্ব হায়নরিবসী কনাবুনো য়েঁঙকপদা কর্ম্মদেবীবুনি হায়বা শঁঙে। মহাক উরুবদা অকবরগী থম্মোইদা অপাম্ব পুক্সমক হৌশরে। "অমুক্তং ইথুং চল্লবদিকো!" হায়ব বাশন অমা মবুক্ত পোকশরে। মচৌম্বি মপান থোক্তে। মবুক্ত তাক্সম অমত্তং তাম্লুম্মগে হায়বা বাশক্সদি তৌথি।

নুপীগী ফত্তবা অমা লৈ। নুপী মশেন ময়াম ভিক্কগা মথোই কাবা অমা লৈ। মপাগী মমাগী, মচাগী মসুপী, মবুজী মোপ্‌াগী, মরুপকী মপাঙ্গী মবা পণ্ডপুদা পুথোক্লে। পু-থোকপা হৌখ্‌ৎদা অফবনা পেন্নক্তনা ফত্তবা লোইনা থাংদোক্লে। মদুনা লোইরকপদা মশাগী মবাগী অনী পুথো-রকই। মতাং অসী য়োরক্লবদি লোইরে। ফজবা লোম্ন পেন্নক্তনা খোনচোপ য়াওরকই। খোনচোপ চণ্ডবা হৌ-খিবদগীদি ফজবা-ফজদবগী বাশন অদুম লৌখিদরে। অদুম খোনচোপ-বাচোপকী ঈচেন্দ কাওশীং অদুম মণ্ডইরবনি। অদুনা নৌরোজ অসী অরূবা অহেনবগী কৈথেল্দ নত্তে; খোনচোপ-বাচোপকাসুনি। কনা-কনাগুম্মী নুপীদদি নুপীগী অশোয়বা অসা ইয়াও-য়াওদে। কর্ম্মদেবীহোয়সী অশোয়বসী চণ্ডদবা নুপী মণ্ডংনি। অঙম-অথোগী মতু-মচানি, অচৌবা মচা-মসুনি হায়রিবা মাতাশিংদুনা করিসু লৈতবা মীগী শাজং চংপ উবদা মঙোন্দ রাম্ম ভুক্কচনা থোকউরে। কুইনা লৈথ-নীঙক্করে। লৈবশু ওম্মক্তরে। মরাম কুম্মত্রিঙেদা মথন্দ কুম্মে। মহাক মথন্দ কুম্মিবসী মহাকী থোঙকমদা রেংদুনা লৈরবা অকবরশাহনা উখি।

নৌরোজ কারিকসী কোন্নুং মনুংদ-মনুংদনি। শঙকম অমা কাওদুনা চংনৈ। অকবরনা কর্ম্মদেবী কাপদোবগী শঙকম অসীগী মরাদা থুপ্তুনা ভাইরে। লৈমনা শঙ অসীগী থোঙ হেক লাজিনখিবদা তুঙ্গী থোঙ তাঁহিং খিথরে।

মতোমদা ঙাশিজবোই নীংবনা থোইনা চিংনরুদে লৈমগু। মহাক্ক শঙ্গী ময়ায়গা য়ৌশিন্নকপা অদুবাইদদি মাঙ্গী থোঙগু লোনখে। মীনা তৌবনি হায়বা খঙলে। খুদোংথীবমনা মহাকপু তাল্লুমদুনা লৈরে হায়বা উরে। খায়গী নুপীদোনা খুদোংথীবা মমি উবদা থুকপীবা কর্ম্মদেবী নত্তে। শিশোদিয়া চন্দ্রনা অকিবা মশক খঙবরা! শক্তসিংহগী মচানা করি থুক্কনাঁঙাই লৈ! থোক্লবা পুন্নমক পাগনি লেপ ঙাইহুনা লৈরে।

কর্ম্মদেবী থোঙলোনবগী মরম থুনমক অদুম মখঙলে। নাকল-থোঙ অমা নাতে কাঙলক্রে। নিপা অমা তল্লিং লিং-শিন্নক্রে। মশা লিংশিন্নকপগা থোঙ হেক তহিং অদুম খিংজক্রে। পৌরোন থারম্বগা মঙোক্লোমদা তন্দম অদুম তমশিন্নক্রে। 'নীংথিবি! ঐহাক অকবর শাহ হায়বদুনি। নঙ্গী শকক্নম অসী উবদা ঙাওরবনি। হিন্দোস্তাঁগী মকেম্ম ওইরো লাউ। ঐনা নঁঙোন্দ লাহোকইবা থম্মোই অসী ওক্কনা লৈম পুন্নমক্কাঁ মকোক্ত অকবরগী টাংকন নাম্ম য়ারো লাউ।' হায়না হায়না বাদশাহ মথুং রেংন কর্ম্মাগী ওয় পায়ররে। লৈম শাউরবগু নীং-মাঙ রেংহুনা অশাউবা কাজিন্নে। 'শাহনশাহ! ঐদি ইপুরোইবা পানবী নুপীনি। রাজপুত-চন্দ্র ঐথোয়গী ধর্ম্মদি শাহনশাহনা খঙবিরিবদু-মঙাই। মীগী মথুং তাগনি কিবনা জুহারব্রত তৌরিবনি। ইপুরোইবা নীংজবনা মৈচুং চঙলিবনি। অশাঙ্কনা

ঐখোরগী পুক্লীৎ ফাবা ওন্বীরোই। অদুগুম্ব লোনচৎ থক তাকপীগন্নুসি।" হৈংন, মেওনা থুম্মকই নিংথৌরেন্দ লৈম। বাদশাহ লৈমবু মশক খওদবদগী বা মখা তান্নবনা ওব তান্নগে নীঁওরে। মথুৎ পায়রম্বা থাদোক্তুনা মশাদ কোম্নক্লে। অদু য়োরক্লবদা লৈমা ক্রৎ শাউরক্লে, মৈ থোক্লে। "ওসি নঙ্গী নিংথৌরেনগী নপুল্লি লোইরবনিদো।" হায়না হায়না মশা থোক লৈথোক, মথাদগী থাৎ তাপ শৎ, নিং-থৌরেন্দ তম ফজিন্নক্লে। "মায়জান! মায়জান!" হায়না হায়না থুরুথুদক মথুৎ লোন ফমথথরে থরুৎলবা অকবর। ইমা হায়বা মিঙ্গৌচ্চ তাবদা কর্ম্মা থাৎ শৎফা ফারে। "অক-বর, শোয়ক্রবরা!" ওংলক্লে। "নচানি, কনবিয়ু মায়জান!" থক থক নীক্তুনা থুম্মক্লে বাদশাহ। "কুরাণ পন্দুনা বাশকউ, মতুংদ হিন্দু নুপী অমত্ত মাংথোক্লরোই হায়য়ু।" ওংথ-রক্লে কর্ম্মদেবী। "কুরাণ্ণ সাক্ষী, হিন্দুনুপী পুন্নমক ইমা ওইরনি মায়জান! ঐবু কনবিয়ু, লম্মুক্লরুরবা নচানি কনবিয়ু, ফরগনি কনবিয়ু।" মথোন থক-থক নীক্ল বাশক্তুনা হায়-জরক্লে শাহনশাহ। কর্ম্মদেবী থাৎ হল্লিন্নে। অকবর মথুৎন থোং হাংলে। "মায়জান! নংন ঐগী ইমিৎ পাওহন্নে। থুদানা নংবু বেহেস্ত-থোওকম পীনরগনি।" হায়না হায়না থোও থারে। কর্ম্মদেবী মথৌনানা মশাদ নতনা হিন্দু-নুপী পুন্নমক কন্নম মন্নুম কুন্নে।

থোক্লবা থকক ফুমজিনবা য়াদে। মনম ফুৎ-ফুৎ লাউ-

রক্রে। মীপম অমদগী অনী, অনীদগী অহুম, অহুমদগী মরি, অসুম অসুম তানরকপনা নৈবাক শিং শিংনা তানরক্রে। কর্ম্মদেবীবু চপমাক্লনা থাগৎনরক্রে।

মতম গুণগী মীচঙনি। গুণ থাঙৎপদনা মথোৎদাং ওই-রিবনি। শক্রে, অদুনা, মীরোন মীথাও রৈনা নীংথিবা মপাউ

নৈম কর্ম্মদেবীগী।

---

# দুর্গাবতী

দুর্গাবতী চন্দেল-নিংঙোম্নি। বুন্দেলখণ্ডগী মহোবা-নিংথৌগী মচানি। নিংথৌ মচানুপী ওইকনা নীপা-নুপী অনীগী শিনফম তুনা তম্মি। মরোশিং লৈবগী হৌনশা পুঙ্গক্ত চাওরকপদা নুপীগী শিনফমদা নুপী মরায় অমা ওম্মি; নীপাগীদসু নীপা মরায় অমা লাকচে। মদু উবদা মপা নিংথৌনা অমুক হেন্না মহাকপু শারম-লাম্নম তাকপা হৌই। মহাক্ম্ তাকপগা হৈবগা হৈবনা হেন্না চংলি। অসুম তৌরকপনা মহাক্ক লৈশাবী য়াং-য়াং কারকপা অদূবাইদদি শাগী শারোন, লানগী লাম্নোন সুনা নীংথিনা হেক্ত মহৈরে। অদূগা মহাক্ক থ্রায়দগী হেনবমনা অসীমনা মঙোন্দ খিং হেন্না হৈনে, অসীমনা খিং বাংন চংলি হায়বা নাইদবনি। মহাক্তি থাওদসু শিংজি, তাদসু পাম্নি, তেন্দসু মখুং লোয়। অদূদসু নত্তে, শগোন-শামু অনীগী লাম্নোং থোং চপ মান্নানা হৈ। লাইপোক্তোনা তৌবী নুপী জাত্তানি। হায়রিবা মওং অসীনদি মহাক্কী নিপাগী শাহোদোনা হোগদোবা মীতানি। অদূবু তৌদে। মশক, নুপী ওইবী অমনা ফজরবদা ফজবম থোকপা থেংন ফজে। নুপীগী অনোকনা কুম্নবা মহাক্কী থাওলোন-তারোম্ন যুম্নবা হকচাং রেংবদা নাচোংথাগী মাধবী-লতাগুম নীংথিজে। ফজমনবা অমদি হৈমন শিংমনবনা মহাকপু বিদ্যাবাসিনীনা পোক্নরবনি নীংনৈ।

নিংথম্ন লোইশুবা কাম্বীনা পানথংলকপা তাঞ্জানি। থাংশু তাশূর্বাশিংন শাদম-লান্দম্নবা মতম্নি। দুর্গাবতী তেঙ্গোন য়াংতকপা অমা পুত্নূনা বিন্ধ্য উমুংদ লোংম শা-দানবা চংলি। চাঙথোঙ য়োরবদা থুংপু থুংপু নাইনত্নূনা মায়গৈ মায়গৈ শা থিনরকই। নিংথৌ মচানুপীশু মহাক্কী থুংপু অমা পুত্নূনা চাঙ্গী নাপোম ময়া অমদা শা য়েঁঙকই। শাথুন অমা ফঁঙত্নূনা মাগী থংপু অত্ তথাই তাথোক্লে। তথাই অমনা শাথোহল্লে ; মথোয় তথাই অমনা শাঙাইরে। মহাক্কী সম্মুক্ত থরদি লাম্লপ্প শা অমা হোরক্লে। শঙাই অরেঙ-পুবনি। শা অদুনা মহাক উবদা মঙক লোংন থুপ, নুংশিংকা তাংথক নেং চাংমায় তম্ন হুন-হুন্দুনা চেক্লক্লে। শগোন্দ হৈরবী চন্দেল-স্নুশু শগোল শমায় থক লৈ, শাকন ত্রং থীন শগোন ক্রুং থা নুংশিংকী তাংথক নেং, মোং-শোং থুদিং চোংন লান তাম্নরক্লে। শা চীথোং য়োরক্লবদা চীংমায় তমথংথরে। চাংজেপ কৈনা কৈনা চোং চীংদোন তমথংলক্লে। শীজ শগোনগী দায় লৈরোইদোরে হান্নবা উরে। উবগা চুম্নী তাপ য়ৈথং, নুংশিংকী মমাং থাত্নূনা চেক্লকপা শগোল চপ থাম, লোঙনেত্ত হৌ চুম্নীদ য়াংন য়ান তা হুক্লক্লে। মাগী তানা শা য়েংকী চগোত্তগী ওয়গী নাকথং কেক্লেননা লেং চীংজেপ মথং মথং য়ৈ ওয়রক্লে। লীরিবা থোঙং অসে লীবদা কুইরব্বনি। ওহাক্তগী থবক্কি। ওহাক অদুগী মতুংদ রাজপুত নীপা অমত্ত শগোন তোংত্নূনা শাথোঙ লীবা লাকখি।

চন্দেল-চনুনা তৌরিবা পুন্নমক শিং শিংন উখি। নীংথি-মনথিবদগী ঙহাক্তি মী ওইরমগনি হায়বা থাজরম্মরে। বিদ্যা-বাসনামক্ক সংসং চোংথোক্তুনা শাদাম্নবরা হায়নদুম নীখি। মহাক্ক য়েংন য়েংন ঙহাক সোর হোন্দোকে মতাঙুম দুর্গাগু শগোন্দগী চোংথখি। চোংথ-চোংথনা মহাকপু য়েঁঙম্মিবা নীপা অদু উখি। "এঃ কৈজেদা!" হায়না য়েঁ-ঙকখি। মিংফম মরি তিম্নরকপা তাঙ্গা অদুমক্তদা শাদানব-শিঙ্গা তা চারকপদগী শাউবনা লোইদুনা লাক্লবা দমওক অচৌবা অমা নীপা অদু তম্ম হুঁক হায়না ক্রুং থোজিল্লক্লে। নক্ক হৌরকপনা য়ৌশিল্লকপনা হাঞ্জিল্লক্লে। লীরুংযুক্ত ঙায়রে। শারোন যুম্ন থঙবা নীপা ওইরম্মদুনা মথোঙ য়েং তনফুক ফুক. মথুত্ত পায়রম্ব তানা নাকথংদ লেং হাংলে। দুর্গাবতী উবদা "হৈদো!" সোনখি। অসুম্ন অমগা অমগা থাগৎনদুনা ঙহাক মিংক মিংক য়েংনৈ। মমৈদ শক থঙননীঁঙক্লে। চঙশিম্নদুনা হংনরে। অমনা "ঐহাক গড়-মণ্ডল মপু সঙ্গ্রাম শাহগী মচা দলপতিনি।" অদুগা অমনা "ঐহাক্ক বুন্দেলখণ্ডগী মহোবা-নিংথৌ মচানুপী দুর্গাবতী-নি।" হায়না মশক মশক তাক্লরে। বা মতোন্দি পঙতা তানদে। মবুক মবুক্তদি গুমৈবা মশেন নীংনবা হোনবা অদুম নীংনদুনা থাইনরে। মসীদা হেক্তিনবা অমত্তংদাদ লৈখি। চুজা-পাকং নীংথিব-নীংথিবী অনী ওক্লরবদা অনীনা অকম থোকপা বাশন-বাশন্নুবদি মবুক-মবুক্ত চেনখি।

রাজপুত-চনু মপা-মপুগী লোনচৎ কায়দনা চংলি। পুক্নীং-হকচাং-বাহে খোং মান্ননা পুই। মবুক্ক নীঙ্ঙুরবা নীপা কাপ্পুনা অতৈ অমদা ওঙ্ঙ্বা মখোয়দা অচৌবা পাপ্নি। মপীগী অখোইবা মরল সত্যধর্ম্ম কায়বনি হায়না লৌনৈ; য়াম্ম কিনৈ। দুর্গাবতী রাজপুত-চনুনি। দলপতিদা মথম্মোই মবুক্ক কখোকউরবনি। অদুনা মহাক্কী মপুরোইবা হায়ববু মহাক্ক ওইরবনি। মঙোম্দাদি মহাক কান্দ্না অতৈ অমগী সেবা তৌরকদা মশাগী নরক্কা লম্নী মথুৎন য়াঙ্গবা খোক্ক-দোরবনি। অদুনা শাদানবা চৎলুঙৈদগী মাগী মবুক্ত অবাবা অমা ইচেন্দ-চেম্মখি। অহিং-নুংথিন অনীদা বিন্ধ্যবাসিনী নীংজুনা লেনখি। দলপতিশু লম্মুখাঙ্গা শকথঙনবা দুর্গা-বতীনা মশাগী লাইনীং ওইজুনা লেনখি। থবায় অনীনা অসুম নীংনজরবশু তরাই-তরাই থুংনৌ হায়বদি মরায়বক্ত তমখিদে।

মহোবা-নিংথৌ মখোগু য়াম্ম শেংব রাজপুতনি। অদুনা মচাগী মখোগু অশেংব শাগেদা থি। গড়মণ্ডলগী থুং অসী মখোগু শরা মম্বগুম তৌই। অদুগী মথক্ত গণতান্ত্রিকশিংন দুর্গাবতীগা দলপতিগাদি পুন্সিনরোইশু হায়। অদুনা গড়-মণ্ডলগী মী হায়বা লাকপদা মহোবা-নিংথৌ মচা পীজ্রে। নৈবাক লোন্নবা শিশোদিয়াগী ঊ অমদা থাজগদোবগীদুম তৌরক্লে। তানকম অসী য়োরক্কুবদা দুর্গাবতী মপীগী ধর্ম্মগী দমক দলপতিদা লোয়নবা লাইরিক ইরে। লাইরিক কংবদা

গঢ়মণ্ডল কোনুংদ নুংঙাইনরে। মমায় থুরুবগী মৈ মুংলে। চীম্ন হায়বদা য়ান্নবা মফম্নিনা থুংলাইনা হায়নবা তারদুনা নিংথৌ সঙ্গ্রাম শাহ মচাবু তেঙ্গোন অমসী মকোক্ত মহোবা থারক্লে। দলপতি অহানবদা ঈংন লোইশিন্নবা য়াননবা থাহোৌররে ; অদুবু কান্নদরে। লান থোক্লবা ত'রে। মহোবা—গঢ়মণ্ডলগী রাজপুত-ফুঙ্গা অনা অকিবা ফংব লান য়াম্নরে। গঢ়মণ্ডল-না ওম্মে। দুর্গাবতা পুথরে। ঈয়ু-নাইমু মীশা-মাকোক মরক্ত নীংনবা থবায় অনী থুংনরে।

বানা থুংনৌ. নীঁঙমদনা কায়নৌ তম্নম্মবা দল-দুর্গাবতী অনীনি। চহা মরি লাম্লম-লানফাগ্রিঙৈনা দলপতি শগোন্দগী তাদুনা লৈত্রে। দুর্গাবতী মপুরোইবগী মতুং ইল্লগে নীংল-বদা লৈবাক্ল য়াদ্দরে। অঙাং ওইরিবা মচা বীর নারায়ণ কোন্দ্‌না মপুরোইবগী থুভম পুরে।

দুর্গাবতী লৈবাকীদমক্ত হিঁঙবীনি। অহিং-মুংখিল নাইদনা লৈবাকী বাখন্দ তৌই; লৈবাকী থবক্ত তৌই। মপু পান্দ্রে হায়দুনা মীরৈবাক্ল য়েংশিন্নকপা য়াই থনবদগী তেঙ্গোল হাম্নদগী হেম্ন চাউনা নীংখিনা সেমগংলি। উমং কয়া কয়া কোক্ত্‌না মরো-মশীং লৈতবা প্রজাদা লম য়োম্নি। পুখ্রী-খোঙলম কয়া কয়া সেমদুনা লোউ-শীং উবশিঙ্গী ঈশিং হাজি। লম্বী-মুংবি কয়া কয়া য়াম্দুনা লম্নোন-ইতিকী থুদোং পী। মহাকী মহাকংদগী লৈবাক নোংম-নোংমগী মুঁ-ঙাইখংলে। খোম্মদগী খোম্ন কারে। মমৈথংদদি লাইরু-

অনং লৈরক্তরে। গড়মণ্ডলদি সনানা, লুপানা নোং চুই হায়নরক্লে।

গড়মণ্ডলগী য়াইকবগী পাউ নিংথৌ অরাপ-অনক পুন্নমক তানরক্লে। মালবগী সুলতান বজ বহাদুর লান তারক্লে। দুর্গাবতী মশানা লান পুক্লনা থোক্লে। নর্ম্মদাগী তোর্বান্দ অকনবা লানথম য়াম্নরে। লাম্লোং সুনা হেবৌ দুর্গাগী মমাঙদা মালব-সুলতান লেপ্পা ঙমদ্রে; লান্নাং হল্লে। মমৈ-দ-মমৈদদি লানপোং অয়াম্ব থনমত্তুনা মথবায় পুক্লনা চেনখে। গড়মণ্ডল নুংঙাইনরে। মবেম্মবু অহিং-নুংখিল নাইদনা থাপৎনরে। অদুবু মখোয়গী নুংঙাইবা কুইথৌ হায়না তম-শিনরে।

মুগল-নিংথৌ অকবর লৈবাক লোইচনবদনা মথৌ ওইবা নীপানি। অকনবা থেংনবদনা নুংঙাইবা থম্মোইহৈনি। গড়-মণ্ডলগী মপাউ তাবদা লৈবা ঙমদ্রে। মহাক্কী সেনাপতি আশফ খাঁ লান থারক্লে। লৈমা দুর্গাবতীশু মুগল লান লাক্লে তারবদা শামু চাতরামগ্গা, শগোন লীশাং তরাগা তরেৎ, মশীং লাকঙমদবা খোঙমী লাওক্লনা ঙাইরে।

নর্ম্মদাগী তোর্বান্দনি। মায়কৈ অমদা রাজপুত, অমদনা মুগল। মীগী সমুদ্রনি। ভাটাগী মতমদা সমুদ্রনা ইরেও-লেঙনা ঊংবগুম ওসগী মীগী অমীত ইরেও-লেঙনা অমুম মতৈংদি। তাঙ্গা অমীদা লৈমা দুর্গাবতী তেঙ্গোন য়েংক্লনা শগোন-শয়াংথক্কগী অথৌবশা। ঐখোয়গীনা তেন্নি;

যুগলগীনা বম্নি। হাকথেংনরগা ঐখোয়গী জয়; লাপথোক্ল-রগনা মখোয়গী। লাম্নাং থংব খুত্ত গচমণ্ডল ঐখোয়গী লাইবক লৈরবান। ওয়্লগা ককপা, ভমক্রপা তুবা কাউফদে। বন্ন কাপথায়শ্নগা কাপথায়শরে; ঐশ্নোয়না তকথায়রগা তকথায়রে; অমদি শোয়ফদে। রাজপুত ঐখোয়গী ধর্ম কায়ফদে। লাঞ্জিন ঐনা থঙনি। নিংথৌগী মহুৎ লৈম ঐ লৈ। বাগনুসি। অশিবা মায়োক্লসি। শিরে শিনা, হি ঙৈ হিংন অশিবা মতাং থেম্নি। ইহাকথং ইহাকথংগী ইপা-ইপু লৈতহনগনুসি।" লাওরকই। লৈমগী অথৌবা মপাউনা অথোবা রাজপুত মথোই কারে। তা চপমান্নবা থাংলে। শমথরে লৈম তাগী ইনিন "জে রণচণ্ডীকী"। ওক্রে তেজোন লৈমগী লাল্লাউ "জে"।

লৈম লাম্নাং থোজিক্লে। রাজপুত মতুং ফুজিয়ে। যুগল বম-তোপকী নোং হৈখরে। চাকথেকশিবনা চাকথেকশরে, কাপথায়শিবনা কাপথায়শরে, রাজপুত লংপ লৈতরে। ঈচাউগী ঈশিং ঈহাশিল্লকপনি। মাঙনা তুই, তুংন শিল্লি; তুংন তাই নীংন শদ্মি; অথৌবগী ঈচেন তংপ লৈতে। অনুম অনুম গ্রিক-গ্রিক তক্লিনশরে; যুগলগী লাঞ্জিন পাররুরে। বম-তোপ মচীন মেত্রে। রাজপুত-যুগল হাক-থেংনরে। থাঙনা চোপ-চোপ য়ান্নরক্রে। তাপা চক-চক শিররক্রে। ওহাকী মনুংদা নর্মদা ঈগী তুরেন ওইরে; মীশা তাউরে, শাকোক ওক্রে। লৈম দুর্গাবতী মখুং চাবা লাম্না

থক্ত থাঙলেন থুহ্ম চেৎন পায়, ঈনা মণা পুমঙাৎ ঙাৎ, মাক্ত স্রেক্ত, নীৎদ মাঙদা য়েক্কবা শোইরক্রে। অকিবা শক-কম্নি। সাক্ষাৎ রণচণ্ডীনি। মহাক্কী লান্নাঙ অমুক অমুক্ত রাজপুত অশিবা লানগ্রেন্নরক্রে ; মুগল মনীৎ থক-থক হন্রে। রাজপুত তোরা তুরে ; মুগল শগোন মুৎলে। ঙহাক্কী মনুৎদ চামাপন তুন্রে। শগোন মুৎলবদা মুগল লাঞ্জেন্নে। রাজপুত তকশায়নীঙাই তকশায়রুরগা জয় লাউহ্না কোন্নুৎ হজিন্রে।

গক্তমণ্ডল অবাবা মরেজদরা মনীৎনক্রুরবনি। অদুবু থোক্তে ; মুগল তহলেন হন্রক্রে। হৌশিবা লানকম অনীদা মী তুমনথিবনা তেঙ্গোন নোপ্ন থোকপদগী লৈম মবুক থরা বায়। লৈবাক মবুক তুকথখিগনি কিবনা মচীন অমত্ত থোক্তে। করিম্নু থোসাঙবা সাহ্না লানগী থোরাৎ তোরে। হান্নগী মতমগুম নর্ম্মদা থোঙবান্দ অচাবা মকম য়েংহ্না তেঙ্গোন সারে।

মুগল থুঁঙরে। হৃদক্তি বীর নারায়ণ শগোন তেঙ্গোন পুরে। মমা লৈমনা শাম্নু পুরে। "বীর, ইমাইবুঙো ! ককপা মত্রগা ককথিবা, কাউক্কদে। মঙ্গল !" মচাবু মথুৎ শাঙ্কহু্না বিদায় তৌরে শাম্নু শয়াৎথক্তগী লৈম। বীর "জৈ রণচণ্ডী-কী !" শগোন শমান্ন লৈ য়েক্কবা লামাৎ অম কুজিনথরে। রাজপুত তেঙ্গোন "জৈ" মখুৎ হৈন শৌজিনথরে। মুগলগী তেঙ্গোনগী কন গুরুম-গুরুম, তোপ ডুৎ-ডুৎ অশি-পাউ

জেক্রে। রাজপুত, খোঙফম অমগী বমক চাম-চাম তুন-রক্রে। বীর অখোবী মমাগী অখোবা মচানি। লাইরেলবী মমাগী লাইরেলবা মচানি। বমগী কম্মায় শৈ, তোপকী তোপচান লৈ, শগোল পোম্মান্দবী চোং রেক্কবা হাকথেং-নবা তাম্মক্রে। বম-তোপ্ম রাজপুতকী লম্বী থংপ ওল্মক্ত-কদা তেনগী তেঙ্গোম্ম লানবাংশিল্লক্রে। বম-তোপ্ম থংন থংন, তেম্ম খিংন খিংন, রাজপুত মুগল লাঞ্জিন পায়থরে। মুগল-রাজপুত হাকথেংনরে। অকিবা লানফম থোক্রে। মীচং অনীমক তোরা তুনরে। হিন্দুগী মরায়বক লৈতবনা বীর নারায়ণ লানয়ায়দা অখোবগী য়াহিপ তমথরে। তেঙ্গোন মখৌ চয়্রে। মুগলনা তকথায়রক্রে। তানা লেং, থাংন কক, শগোল নেং রাজপুত চাম-চাম শোইরক্রে। মখোই কারবা মুগল মায়গী থুজিংদ নোংহোননা লান কপিল্লক্রে। শগোনগী তেঙ্গোম্ম শিরকপ, খোঙমীনা শোয়রকপা উবদা শামুগী তেঙ্গোন্ মবুক্কীং থুক্করক্রে। লান হল্লক্রে। লৈমা মচাগী পাঙ কংন কংন, তেঙ্গোনগী মঙং উনা উনা মশাগী পন থাবা য়াখিনরে। লান তোনা তোনা লাম্লাং হল্লে। লেম্ম য়াপ-কবা মকম রেংঙক্রে। চীংলম থুদোংচাবা অমা কঙে। মুগল খিংঙলে নীং লেসে। অরোইবা থাক্না লান তোবা হোরক্রে। তেনগী লানকম্ম। মুগলনা রাজপুত ফুকথোবগী, রাজপুতনা মুগল তকখোক্তথোবগী তেনগী নোং হৈথনরক্রে। লাম্ম কয় য়াইফুরকপা তাজাদা তেন অমা হাইজিল্লকনা লৈমগী

য়েৎথংবা মিত্ত লেঁওরে। লৈমময়া ক্রক চীক তেন শংলে। তেনখুন্দগী কাম্মকপা হৈনা মশা পুমক্তাং ভাথরে। চৈনা-খোন থক-থক নীক্ক থাও লাহোং শীনবা হৌরক্লে। অনী-সুবা তেন অমা অমুক হাইজিন্নক্লে; চরমদা লেঁওরে। লৈম হায় মউ চোক্লবনা চৈনাখোল পুবা ওমজরে। শামু শয়াং-থক্কগী ওইরে। মুগল "অল্লাহ অকবর!" ফুজিন্নক্লে। মশক্লাইবা রাজপুত অথৌবশিং অথৌবগী খোওকম তান্নরে। তাঙ্গা অগাদা লৈম জ্ঞান লাক্লে। লান লোইশিনখিগদোরে হায়্রবা উরে। হাকথং খোগন্দ "তা, তা, মুগলনা হকচাং শোক্লরনি, তা" লাউরক্লে মথবাক্ত খুচুম্ন দং-দং রৈছুনা লৈম। কনানা তা থারুর্গানি। খোগন, তা থাবা ওমজ্রে। লৈমা মথদাং ক্রক চীক অরোইবা মপাঙ্গন ফুক, থংহো হোৎংলক মাহুতকা নাক্কন্দগী থাও তাপ মুন, মথবাক থুম্ন খিন, লোইশিঙ্করে অথৌবা মপুন্সি।

পাইরে গড়মণ্ডল কিলাদা মুগলগী নীনি-পানবা থা য়েকপা ফাঁরান। অকবরগা জয় শকপরা হায়ববু শক্লে মণ্ডপ দুর্গাবতীগী। সারে মং পোক্লবা প্রজা লৈমগী তুকমদা। চিংশত্রে মথুং থুগাইবদা থংলবা মতম য়োকচনীংবনা অথৌবীগী মিংচং-উরোং। লেপহৌরে অদুনা, নীথায়ষ্ণু বত্ত কর্মা-দোলান করা, অথৌবা মংকন

লৈম দুর্গাবতীগী।

---

# চাঁদবীবী

চাঁদবীবী অহমদনগরগী শাহজাদীনি। সুলতান নিজাম-শাহনা পোকপনি। মহাক্কী মশক-মতৌ ফজবী, মতীক-মগুণ লৈবী নুপীনি। চুম্নগী শক-শুগ নত্তে, অয়েবী-অথেং-বানি। মমাওদ রিজিয়া বেগমগুম্বী নীংথিবীগু মপোকখি। মতুংদ মেহের-উন্নীশাগুম্বী মপানগী ফজবীগু মরাকখি। হায়রিবী নুপীশিংসা শক্ত, গুণ্ড হায়নবীগাক্তি। মখোয়গী মপাউজনা ভারত-কংলৈরোনগী লামায় কয়া কয়া কল্লিবনি। অদুবু শাহজাদীসাগা পাক্লবদি ময়াম্রে। করিনা! রিজিয়া মশক ফজরবগু মরিন তাউই! মগুণ লৈরবগু দোষ চেন্নি। নুপীওইবা মবুক ফাওমদবনা মথুভম কায়; মথবায় লল্লক্ত মাঁও। মেহের-উন্নীশাগু অদুমগাই। মহাকথক্তাদমক মথবায় থারবা মপুরোইববু কাউথোকপা ওল্লি; মপুরোইবা হাংপ নীপাগী টাংকল নাপ্প য়াচুনা পানবা ওল্লি। অদুনা মখোয়গী মতীক-মগুণ পরেং লেঁওকপদা লৈরেংবদা হুপ্প লৈরক চম-বগুম দোষনা গুপ্লক চৎম্রে। শাহজাদীসিগীদি অসীগুম অশোয়বা লৈত্তে। অদুনা মহাক্কী মতীক-মগুণ পরেংদি মরৈ পুক্লোনা লাক্ল, পুক্লোনা লাক্লক চদুনা লেংবদা নীংথি-জবগুম নীংথিজ্জে। রাজপুত-জগৎকী নীংথিবাশিঙ্গী মরক্ত তাবী নুপীনি। ভারতকী মুস্লীম-জগৎকী থাউমৈনি। নীং-থিম-নীংথিজবী ভারত-চনুনি।

নীংথিবী চাঁদ বীজাপুর ওঁভি। নবাব আলি অদিলশাহগী বেগম্নি। নীংথিবী শক্তমদা গুণগী মঙান তাবনা মপুরোইবগী মথবায় মঙোন্দ লুপ্নি। নবাবীগী থবক্ত শরদং কোম্বদা নবাবনা অন্দর-মহল থোঙদারক্তবা লৈতে। বেগমগা ওন্নথোইনা অহুম হেক্ত মরেরে। অসুম্ন মহাকপু য়োনা নুংশিজবা মপুরোইবা মমাও থাদুনা নুঁঙাইনা পাঙ্জে। অদুবু কুইনা নুঁঙাইজে়া হায়বদি মরায়বক্ত তম্মমদবনা য়াম্ন ওন্ন মপুরোইবা কায়নে; য়াম্ন নোনা লুখ্রাশীংদ চল্লি। ইসলামধর্ম্মনা নুপানা মংফম ওনবা থিংদে। অদুনা মহাক্কী মশকমতো মিতারবা টাংবল-সাংব নীপা কয়া কয়ানা মহাক্কী থুক্কেং লাম্মকই। অদুবু মপুরোইবা নীংবা চাঁদ মপুরোইবগী দমক লুখ্রাগী অবাবা কোকথোংনদুনা মপুম্গি লেনগে নীং মথুদাং কনাদগু লাম্বোকখিদে।

লুখ্রা ওইবা অবাবনি। নোনা ওইকনা অমুক হেন্ন বাবনি। অদুমকপু পাম্নবা মপুরোইবা শেংনবীশিঙ্গা অবাবদি থরবু থাওকনা থোকই। নীংনবা মপুরোইবা খাইনবীশিঙ্গাদি পুদ-পুওমদবনি। চাঁদ নীংনবা মপুরোইবা কায়নবী নুপানি। অদুনা পুওমদবা অবাবা কোকথোংনবানি। কম্নদনা মথোদাং ওই। মপুরোইবগী কত্রদা নোংমগী লৈ চাইরুবা, য়াচংবগী থাউমৈ থাম্নুবা নত্তনা মপান থোক্তে। চাদ-থক্তবনা অহুম অসুম কংশিন্নক্তে। মমৈদদি শরুদা উন্দনা কুম্নক্তে। তাজা অসাঁবাইদা থুদানা মহাকা অবাবা থাওকম অমা পীন-

রক্লে। মপাম লমদম অহমদনগরদা মবুংন পোকপাময়া ইব্রাহিম্ন সুলতানত পুবা তারে। ময়ানা অঙাং পীশক ওইবনা মহাক্ন খুভম শেম্নবা তাখি।

চাঁদবীবী চাঁদ সুলতানা ওইরে। মহাক্তি লুখ্রানি। অদুগী মথক্ত মাওইবগী নুংঙাইবগী থাথন পুম্নমক-কক্লবীনি; ফকিরনীনি। লৈবাক্কী থাথন্দ থন্দুনা, লৈবাক্কী থবক তৌ-দুনা মপুরোইবা কায়নবগী মৈচাক খুৎনক্ক হোৎনরবীনি। অদুনা মহাক্ন পুঙৌদগী অহমদনগরগী সুলতানত নোংম-নোংমগী খুংকন-পাঙনবা হৈনগংখি: নোংম-নোংমগী নুংঙাইবা মখোন কাখি। লৈরোম্নবা লৈবাক পুম্নমক্ন চাঁদ সুলতানাবু থাগংনখি; অহমদনগরগী নুংঙাইবা মপাউ ঙাংনখি। মমৈথংদদি চাঁদ সুলতানাগী মগুণ, অহমদনগরগী য়াইফবা মপাউ অকবরশাহগী মনাকোং য়োরে।

হৌজিক্তি অহমদনগরদা গচ্মগুলগী দশা চঙলে। অক-বরশাহনা হৈরামথাগী মচানিপা অবতুর রহিমগা মচানিপা মুরাদকা অনীবু অচৌবা হৈস্সোন অমগা মথক্ত লান থারক্লে। অথোবী চাঁদ সুলতানা শগোন শয়াংথক্ত লান চিংচুনা লান থোক্লে। পাঠান-মুগল অনী য়ান্নরে। পাঠানগী হৈস্সোন্দি মশীং অকক্লবনি। মুগলগীদি মশীং লাকওমদবনি। মশীং লাকওমদবা হৈস্সোয় অতং-অথম লৈতনা কুজিনক্কা চাঁদনা মখোনানা চুপ ওই, মরিম্ন থোংকৈ চন খাখিবনা পাঠান-খোঙকম কূকপা ঙম লৈখিদরে। শাক্ন কম্ন কূজিন্নকপা

ঊশিংন লৈকন বাইরকপদা হুমায়ুন কায়রদুনা মতোকচবগুম মুগল লাম্লাংদ মাঙদুনা অদুম মতোকচরে। অহমদনগর পাঁক্ল উইবা লৈবাক্কি হায়বা শঙলে। মমায় পাকপা বারগনি হায়বা উরে। অদুনা মুগল লাল্লোইশিন্নবা বা হৌরক্লে। অহমদনগরগু লাম্বা চাদে শঙনা মরিন্দনা পাবনি। থাঙদুনা কাম্লদে হায়বা থঁডি ; য়ারে। পাঠান্ন বেরারদং মাঙলে। মুগলনা বেরারদুদং ফংলে। লাল্লোইনরে। চাঁদ সুলতানা মথোনানা জিন্নীগী নিংথৌ, ভারত-আফগানগী মপু অকবরশাহগী মায়োক য়া, মরোশিংন লমতুপ অমা থা অহমদনগর কল্লে। লৈবাক-নিংথৌ পুন্নমক্ক মগুণ শক্লরে। অকবরশাহগী মনা শীংজানা ফুরে।

চহী ওনবু ওনকাদ্রি। মুগল তহলন লক্লে। হন্দক্তি অকবরশাহ মশামক্ক লান চিংলক্লে। চাঁদ অথৌবানি। অথৌবাদি তরা লাক্লে তরাগী পাঙন কল্লি ; কুন চঙক্লে, কুনগী পাঙন পোকই। নিংথৌরেনগী লান ওক্কবা থৌরাং সুলতানাগু অন্দো তোরে। মুগল থুঁওরক্কা মশামক্ক লাজিংদুনা লান থোক্লে। অমুক হন্ন পাঠান-মুগল পারে। হান্নগী থুথোক অদু অদুম মথোক্লে। অহমদনগরগী মথুত্ত জিন্নাগী তেঙ্গোন তুম্বা মথংলে। নিংথৌরেন মশাগী পাঙন্ন সুলতানাগী মরিন শেকপা বারনি হায়বা উরে। অহমদনগরগী তেঙ্গোন মরক্ক লৈবয়াবমথৈ লৈদুনা অথৌবা চাঁদ হাংলগে রেঙক্লে। চাঁদগী সেনাপতি মুনীম খাঁ মশা য়োক্লে।

নুপা-সনা থরগী মঙাল্দ মমিং থকশিনবগী অচুম্বা লম্বী লম্বুক্করে। লক্ষে লামথরে। মশাগী তেঙ্গোন হুম্ব পুক্নুনা মুগলদা চথরে। অদু উবদা সুলতানা অহমদনগরগী নীংদম পাঙ্গুবা লোইরনি হায়বা খঙলে। মহাক্ক হোৎনরুবদা অরেম্বদা ঙৈগী লৌথোক্‌দ মচেম্বনি হায়বা উরে। "ইমা, নুংশিবী অহমদনগর! মুগলগী শেগা থাউ অম্বমাক্তে নহাক্কী নরায়বক্ত। খুদাগী মঙ্গৌনি, থাহোরো। নচা চাঁন্দগী মিৎসীদনদি করম য়েঁঙ্‌ুরসিগে! ঙম্মারোই ইমা, চৎলে, লৈহোরো।" হায়না হায়না মথুক্ত পায়রম্ব থাঙনা মথবাক্ত থিন, লোইশিঙ্গরে সুলতানা অথোবা মপুন্দি।

চঙ্গী চনাঁয়াশৈনাঁথোই সুরে মতম্ব কুমগুনবা লীরিবা লানফমসিগী মতুংদ। চক্ক কয়া লাক্রম্মি, চক্ক কয়া হনথরে। কনানা মশীং থাক্নি! ভারত-কংলৈরোন্ন মরেক লানা লাচনখিবদগী, চক্ক মরোম্পিংসাগী মথোঙ মুংলকপদা মতম্ব মুংঙম্মরে নীংথিবা মিংফম

চাঁদ সুলতানাগীদি।

---

# মরোল

## সংযোগিতা

রাঠৌর—রাজপুত শাগৈ অমা। চৌহান—রাজপুত শাগৈ অমা। চারণ—রাজপুতশিংনা অশৈবনু চারণ কৌই। শৈরঙ—ইশৈগী মরম।

মবুক-মবুক হোদোক্ররে—মবুক-মবুকী মা থকনরে। লানওয়েবা—লানবা ওয়েবা। মখিং নাই—য়েংনৌংবে। রাজসূয় যজ্ঞ—নিংথৌরেন ওইনবা তৌবা যজ্ঞ মথক অমা।

লৈমা—রাণী। লৈমকোন—লৈমশিংগী লৈকম। নিংথেম্বী—লৈমগী মনাক্তা লৈবী দুগী। কন্দর্প—দুষমন্তী। শিশোদিয়া—রাজপুত শাগৈ অমা। থাংজোন—থাং মরোল। থাংলেন—থাংশাং। মৈহুংদা লোইবা—মৈহুংদা শিবা। বিহস্তা—ভুরেন অমগী মমিং। মধুবন—কুঞ্জদা তারা থিংনা লেবা ইশৈপকপগী সুংলাই অমা।

## কর্ম্মদেবী

মেবার—লৈবাক অমগী মমিং। রাণা—চিতোড়গী নিংথৌ। বপ্পা—শিশোদিয়া (অগ্নিবংশ) পোকপা। ঈশান—ঈ অতোপ্পা। চিতোড়েশ্বরী—চিতোড়গী নিংথৌলাই (দুর্গা)। কুরাণ—পাঠানগী ধর্ম্ম লাইরিক। মোগল—পাঠাননিংথৌগী লৈব। অধর্ম্ম—ধর্ম্ম নত্তবা। তেজিন-তেজৈগী লোম—তেন কুংনা।

## পদ্মা

রাণা—চিতোড়গী নিংথৌ। জুহার ব্রত—লাবা য়েকবনা লৈবাক লোৎপা তায়বদা থব তাক্লবা লৈমনা চিংহনা মুগী মমাম মৈহুংদা চোং-

